অফোঙ্‌ব :

**অইবা মশামক**



অহ্'মব নম্বা :

**মে তাং ৩০, ১৯৯৩ ইং**

নম্ফম : মুখি প্রিন্টিং সেণ্টর,
শিংজমৈ কৈথেল মথা, ইম্ফাল।

## —হায়ৈ অনিদং—

ইণ্ডো, খেলেন্‌গী বুধগী মরিদা থিজিন্বা লাইরিক্ ১ উবা ফংলে। তশেংবদি লাইরিক্ ওসিনা অচুম্বা থিগংলিবা মীওইশিংগী লম্‌জিং মচাল্ অমা ফংবা শোইদনবনি। বুধদেবগী অকনবা উইল্, অখাংকনবা অমসুং অচুম্বদা থরাইথাবা কিদবা মশুন্‌শিং অহুমক্তনা মমৈদা মহাকপু "বুধদেব" হায়বা মপুং ফাবা মীংলেন্ অসি মীওইবা খুনাইনা কৈলোইনখি। অসিগুম্বা ধর্ম হায়বদি অচুম্বা, অশেংবা, ফজবা, মথৌ মশক্ থংবা লাইপোক্ অমগী মার খোঙ্গুল, লীরককপা হায়বসি ফজবা থবক্ নত্তে, অশেংবদা থাজবা থম্বা অমসুং তৌফম্ খোক্‌পনি হায়বদা হায়মনবা খোৱোই। মতুংদসু অসিগুম্বা অখাংকনবা, থৌনাগী ইথিল্ পিবা লমজিং লাইরিক কয়া অইবশিংদগী খোক্‌খিগনি হায়বসি এগী তশেংবা আশানি।

— ওঃ ধনেন্দ্রজিৎ সিংহ

# "অইবগি ৱারোল"

"বুধ এন্দ হিজ মেসেজ" কৌব লাইব্রিক্ মচা অসি ইমালোন্দা হন্দোক্তুন খ্বাই তৱাদ য়োইহন্ব ঙম্লবদি কয়াদ কান্নগব হায়বসি থমোইদ তত্তন ফাউখি। হৌজিক্কি মতম্দ, মকুওইন মনিপুরদ লাইব্রিক্ নম্বগি মমল্সু কা হেন্ন ৱাংব মরম্ন, অথীনব লাইব্রিক্ নত্রবদি লৈব ঙমনদব কয়া লৈনরিব অসিগি মনুংদ ঐগিস্সু চন্খিগদৱা হায়বসিগি অকিব অমস্সু লৈজব অসিন ঐগি অপাম্ব লম্বী অসিদ হেক্ হেক্ অপন্ব থোক্হন্ব অহুন মতম্ থৱদি থক্চানক্লবনি।

লাইব্রিক্ অসি ইমালোন্দা হন্দোক্পদ চিল্লব মতম্ কয়া কাইথোক্পীহুন থৱাই হকচাং য়াউন মতেং পাংবীখিব সেরিকল চৱাগি দিপুতি দাইরেক্তর ওইরমব, হৌজিক্ন পোত্থারব ইকাইখুমনবদ মতিক্ চারব পাংকীরতিচান্ তেনস্সুবগি মফম্দ সিংঙমদ্রব লমন তোন্নিন্জরবনি। পুন্নমক অসিগি মথক্ত পাবুং অসিন ঐবু হীরী কোন্ব তমবীব মতমদ ফোঙ্জরিব লাইব্রিক্ অসিগ সম্নব অকুব ৱাফম্ কয়া তাক্পিখিব অহুন ঐগি অনৌব পুনসি অম তসেংন পীবিরে হায়নিংঙি।

অহুবু ঙসিদি ইমারোল্ অসি ৮ সুব সেহুল্দ চনহুন ভারত জাতিগি ওইব লোল্ কয়াগি থাকুত লৈরকপ তানজা অসিদ

ইমায়োল্বু অমুকক হেন্ন চাউখত্হন্ব পাম্জবদগি অমদি মরু-মমেন্ কয়ান কুয়োম্ ওইদব্ ইতিং তিংব, তরু তরুব, কাঙ্লুপ্-হুরূপ্কি উংখত্নব লৈতব অহুগ্ম্ব থরমবু সৌগত্-চনিংব অনিংব অমগি মখাদ, হেকৃত ফোংদোকুলগে হায়ন মিঙ্লহন ফোঙ্জবনি ।

অয়োইবদ অসিগ্ম্ব ইমায়োন্দ হন্দোক্চব লাইরিক্ মচা অসি পুথোক্নব হোত্নজবদ তেংবাংবিখিব পূম্নমক্কি মফম্দ নোলুক্ন তৌবিমল্ থঙবা উত্চরি ।

হন্দোক্চবা

তাং ৩০ | ৫ | ৯৩ ইং — খেলেন্

# বুধ অমসুং মাগি পাওতাক্

বননগী পুন্সি ধারা ঃ—

মীওইবগী ইতিহাসত বুধদেব পোকপগী ৱারীসি খ্বাইদগী অচৌব থোৌদোক্ অমনি। ইবুংঙোসি খ্রিস্টু খ্রিসত পোক্কদব চহি ৬০০ লোম্গী মমাংদা লৈরম্বনি। হিমালয়গী লম্দম্দ লৈব কাপিলাবাস্তু হায়বা লৈবাক অহুগী নিংথৌ সুধোদন্গী মহারানি মায়াদেবীন পোকচব মখোয়গী অনত্ত ঙায়ব মচানি। ইবুংঙোসিগী অহানব মমিংদি সিদারথ কৌই। সিদারথনু নিংথৌমচা অম ওইবগী লৌনবা মতুংইন্না থোইদোক্-হেনদোকপ অমসুং কেন-নৌন য়োক্খি। সিদারথ, মতম অহুগী চংনবী লাইরিক্-লাইসু, গিয়ান্-বিগয়ান চঙ.খোনন তমখি। চহি মতাং চারকলব মতম্দ যসোধারা কৌবী চহি লেংগা চান্নবী নিংথৌগী মচা ইবেম্ম অমগ লুহোংবিখি। ইবুংঙোসি য়াম্ন নাহা ওইরিঙৈদগী হৌন মীওইবগী অৱা-অনা ময়াম্সিগী মরম্দ অতত্প লৈতন ৱাখল তৌহন লাকুখি। মঙোন্দ ময়াম্ন তৌনরিব অকে-অমৌ হরাও-কুম্মৈ চঙদে। মপাবুংনদি মচাইবুংঙোসিবু তেংবানবগী ওইব অৱা অনাগী ৱাখল্ অদোম্দগী

থাপন পূথোক্তুন অকে-অমৌ, হরাও-কুমমৈ অমস্থং নুংঙাই-য়াইবী মরাং কায়ন পান্ব পুনসিদ পূরকুনব থোইদোক্ন চেক্সিন্ন হোত্নজবনি। অদুবু হোত্নজব'পুমব অরেম্বদ তাখি। সিদারথগী থমোই মনুংদ তেংবানবগী থরাইপান্ন-সিংন মরুওইন মীওইবন অরা-অনা হেক্-হেক্ থেংনরিবসি করিগীনো হায়ব রাফম্ অসিদ মতম্ পুম্নমক্ত উংন লৈরমমি। মমৈথংদ মহাক্ সংসারসি পুম্থা থাদোক্লগে অদুগ মীওইবন নংলিব অরা-অনা কোক্প ঙম্ব তাইবং-লমবী থিক্করগে হায়ন পুক্নিং চপ্ য়ুংখি। চপ্ য়ুংলব পুকনিং অদুগী মতুংইন্ন মসাগী চহি ২৯ সুবদ মাগী পুংসিব, চান্নব, পাম্মুব পুম্নমক্ থাদোক্লমদুন অচুম্ব পিব লম্কোইব অম ওইখি।

ইবুংঙোসিন মতমং অদুগী মমিং চত্লব ওজাসিংগী মফমদ চত্-চত্তুন নোল্লুক্ন চঙ্জদুন তাইবংমীওইবগী অরা-অনা কোক্প য়াব অচুম্ব তাইবংলম্বী হংলে। অদুগ ওজাসিং অদুন তাক্পি তেম্বিব পুম্নমক্ লিকলম সুককায় কায়দন মসাদ হুক্চিন্ হুক্চিনদুন হক্থোংন চাংয়েং কয়া কয়া তৌখি। অদুবু মান তান্নরিব জগতকি ওইব অচুম্ব লম্বী অদুদি কনাগুম্ব অমত্তন মঙোন্দ উত্পিব ঙম্খিদে। মতম অদুদ চত্নরিব পথাপ, কাঙ্লোন্ পুম্নমক্ অদুগী কান্নব অমতত ফংলক্রবদ কান্নদরে থল্লদুন মসাবু মসান অকন্ব রায়েন্-চৈরাক্ কয়াগী মনুংদ থম্দুন অমুক্ য়েংলগে

থলহ্লে। রাখল, অসিগি মতুংইন্না মহাক্না চহি ৬ চুপন য়াম্না অচুক্পা অকিবগী মসক্ ওইবা চাংযেং কয়া তৌরমমি। পুম্নমক, অতুগী মহৈন নিংথৌ মচা অম ওইরমবগি ফজরবা হকচাং অতু তসেংবা সরুগী অকিবা সক্তম্ অম ওইখি, সিনিংচিত্ত যৌন লৈরম্মি। তুংদা মাগি পুররানসিংদা রা ভাওবা মতম্দা অরা-অনা কোক্নবা তাইবংলম্বী থিবা হোত্নবদা কয়ামুক্ খুদোং থীখিবগে হায়বতু মথাগি অস্নুমনা ফোংদোক লনমি।

"মফম্ অতুদা হেক্ চঙ্বদা কিবনা সমস্না পুম নমক্, চপ্-চপ্ যুংবা অতুঙমবা অকি-অশঙ্তনা থনবা লুক্লবা উমং উগ্নুং অমদা এগী লৈফম্ ওইকই। চাদা থক্তবদগী হক্চাং অসি হাথনিংঙাই লৈতনা কংলুরবনি। অতুগ হক্চাং কয়াত্সিং অসিন্ন লৈমাইথক্ত তারিবা কংলবা উসা-রাসাগী মতৌগুম্-লুরবনি। মিত অসিন্ন অা মনুংলোমদা কুত সিন্খিতুন অকিবা সক্তম্ অম ওইকুরবনি। অতুন য়েংলু য়েংলুবা খুদিং মচেন্-মরাং ঙাক্তা ওইনা উকুরবনি। পূক্ অসিন্ন য়াংলেন্ সরুদা নপ লুরবনি। খুতনা পূক্তা থীন্বা মতম্দা য়াংলেন্গী সরুদা হেক্ হেক্ থেংলমবনি। সোনবগী জাত্তা এমুক্ সোন্বা অম লৈত্রমাললে হায়বা থাক্ অতু য়ৌরুরবনি।"

অস্নুককি মতিক্ রান অমস্নুং অথাঙ্কন্বগা লোয়নবা থৌনা-লিংজেল্ পুম্নমক ফুদোকচুন হোত্নরুরবা মতুং অতুদা সিদারথন য়াম্না ময়েক্ সেংনা হক্থেংনবা থঙ্বা হায়ববু

(১) ইসান ইসাবু অৱেম্বদ অকন্ব ৱায়েন্, চৈৱাক্, মনুংদ নমৎসিনহুন থমব হায়ব থবক্সিং অসি থক্ ওইৱোইদোব কান্নদব অপঙব ৱাখলগি অপঙ্ব থবকু ঙাকৃতনি (২) মসিমকুতবু খঙ্ঙগে হায়ন মহাক্ন থিৱিব অৱা-অনা কোক্প অচুম্ব তাইবংলম্বী অহু ফংনবগিদমকতদি অফব হকচাংদ য়োকলিব মতিক্, লৈব অফব পুকনিংগি মথৌ য়াম্ন লৈ হায়ব ৱাখল অসিনি। মৱম্ তসিন মহাকুন অসুম্ন লাওথোকু-পিৱমমি মহুদি (১) ইসান ইসাবু ইন্সিনহুন পঙ্গুংদ পুংঙাই-থোক্প হায়ব সাথিব থৌ অসিগ (২) ইসান ইসাবু অকন্ব ৱায়েন-চৈৱাকু মনুংদ নমসিনহুন চত্প হায়ব সাথিব থৌ অসিগ লম্বী অনী অসি থাদোকুকদবনি। অদুগ অনীমকু অসিগী ময়ায়দ লৈব খ্বাই পুম্নমকুকি ওইনা চত্নব য়াব ময়ায় লম্বীবু লৌখত্পিখি। মতৌ অসুম্ন লৌখত্লব ময়ায় লম্বী অসিদ মসান অসুম অসুম চত্লক্পদ নোংম থানিলগী য়াচঙ্ব মতম্, অদ্বাইদ, হৌজিক্কী মতম্দদি বুধগয়া হায়ন খঙনৱব, মফম্ অসি মতম্ অহুদদি মী পোংন কয়া চঙ্নদব অচিক্প লম্হাং ওইনা তৌৱমব অহুগুম্ব মফম্ অহুদ হৌব থোংনাং পাম্বী অমগী মথোঙদ অচেৎপ ৱাৱেপ অমগ লোয়নন ফম্থৱগ থোংগ্রাই চল্লম্মি। ৱাৱেপ অহুদি "ঐগী তোংসা পুম্নমক্ পুমংখুই খুইজৱসনু, সরু ঙাক্ত ঙায়গে ঙায়জৱসনু অদুগ ঐগী হক্চাংদ য়াউৱিব ঈ-তোং পুম্নমক্ পুম্কং কংগে কংজৱসনু, খঙ্গে তাললিব

মীওইবগি অল্পা-অনা কোক্নবু জগত্কি ওইব য়াম লম্বী অহু কংগ্রিমখৈদি চল্লিব খোংগ্রাই অসি সত্থরোই।"

খোংথ্রাই থাবগ, ইকুই কুইদন সিদারথগি থমোই লান্বুন্দ অমম্-অঙান অনিগি অতক্প লান্ত্রাও অন খোক্খি। অমম্বতন মপাংগন ওইবী থম্নুং কিকোই লৌওন্বিন সিদারথগি মাঙ্মক্তদ খোনা ফন লেপতুন হায় "সিদারথ। করিগিনো নংন অস্নুক ক্লান্ হোত্নবিন? অরেম্বদ মীঙ্গিন্নখোক্লিব নংগি খোনা-লিংজেন পুম নমক্ তোক্খোক্লো। অতুগ মথংগি মপোক্ কয়াদস্নু, নুংঙাইব হৈনরুনব মপোক্ অসিদস্নু কোম্ন পুন সি লেন্থোক্তুন নুংঙাই য়াইবী মল্লাঙ্ কায়ন লেন্থোক্উব কৈদৌগে?"

ঙাকম্নিদ সিদারথন পুনখি:- "হে থম্নুং কিকোই লৌওন্বী। হৈনবীদগি ফংব নংগি লৌসিং-গিয়ান্ হায়বদো এঙাংন্দদি করিস্নু কান্নদে। এদি হৈনবীদগি পোক্প লৌসিং অহু তানগে হায়ন তান্নবস্নু নতত্তে, অতুগ মথংগি মপোক অম তান্বস্নু নতত্তে। এন ফংগে থঙ্গে তান্নরিবদি অল্পা-অনা পুন্নমক্ হোক্প ঙম্ব অহম্ব তাইবং লম্বীনি।

---

হেংসিন্নপদব:—(১)• তরং খোনব গিয়ান্ লৌসিংন মাগি মকমদ তুঙ্তুন লৈব অহুগুমব মীসক মীওই অহুব দুক্খ-অথঙ্ব কোই। সিদারথস্নু বুদ্ধ কয়াগি মনুন্দ অমনি।

(২)• তুমা-তুমা চত্পী তাইবং মচত্পু মপা মপা পাংদিং লাকুন থমব হৈবনু সমাসন বুদ্ধ হায়বনি। সমনা মপা লাকুপ হৈবনু যোগ কোই। গীতান হায়রি।

নিংথেম্চাগি মপোকুত মরিল্ খারব লাল্হৈব অম ওইবস্থু পোকুলব সিদারথন খম্নুং কিকোই লৌওনবিদ অসিমস্থ খঙ্হন্খি মহৃদি :— "ঙ লৌওন্বী লানদ মায়থীরে হায়ন ইসান ষ্বারগ হিংহুন লৈগদগি সরুকুপুদি লানফমদ সিজখিবন হেনন কৈ হায়র্বাস ঐগি অরেপপনি হায়বসি নং খঙ্ঙু।"

মমৈথংদদি, সিদারথগি অঙকপ থোনা লিংজেনগি মমাঙদ কিকোই লৌওন্বী লেপপ ঙম্দ্রে। সিদারথন লাল্ অহু ঙম্খরে। অমমবতদ হৈনজবী খম্নুং কিকোই লৌওন্বী অমস্থং মাগি খোঙ লোয় পুম্নমক ফাঙন অঙান্বদ মথং মথং পুথোরকৃখি। নোংপোক্লোমদগি চিংথে ফিহুপ্ হুনদোরক্পগ লোয়ন লোয়নন সিদারথগি মম্লম্ব খমোই অতিয়া মকোয়দস্থ (১)* তরংখোন্ব লৌসিংগি মসেক-মঙাল খিবিকুস্থ চিংথে ফিহুপ হুন্বগুম মথং মথং পুম্ঙান্ ঙান্খি। অহিংগি অমম্ব হৌখিবগ লোয়ন লোয়নন সিদারথগি পুকনিংগি অমম্বস্থ অস্থুন্ অস্থম্ মসি সামখিরমমি। হৌজিক সিদারথ "সমাসম্বুদ্ধ" হায়ব মসকতু ওইরে। সমাসম্বুদ্ধ হায়বদি অইং-অসা, অপাম্-পাম্দ, অরা-মুংঙাই অসিগুম্ব তুমা-তুমা চত্প তাইবং মচত্ অনিবু (২)* মপা লাকুপ হৈব-খঙব হায়বদি পা-খঙব হায়বনি। সমন হায়রবদ পুম্নমক খঙব অখঙ্ব (বুদ্ধ) হায়বনি। মঙাকপু জিনা হায়নস্থ খঙনৈ— আরধদি ঙম্লব-জোয় তৌরব হায়বনি। তুমা তুমা চত্পি

রাপা অনীমক্তপু চপমান্নন নম্থহুন থন্ব ঙমমি হায়রুন জিনা-জোয় তৌরব হায়বনি। ফৌজিক্ অরা-অনাগি রাথোক্ কোক্নেব লমবী লৈরে। হায়রিব লম্বী অহ্ মসা মসান হুক্থেংনন উজব ঙম্নব থ্বাইন লায়ন খঙনব অচুম্ব ৪ থক্ থন্দোক্তুন থ্বাইগি মাঙদ উত্পিখি।

থোক্দোক্ হেনদোক্ন অথাঙ্ কন্বগ লোয়নন হোত্-নরবফাউবদস্সু খঙ্গে হোত্নজবহু খঙ্ব ঙম্দবগি নিঙ্ব কায়হুন সিদোক্লগে হায়ব থাক্ফাউব য়েক্রুরন মতম্দ নোংম থানিলগি অহিংদ সোক্নব অমম্-অঙান্ অনীগি লান্ক্ষম্দ মায় পাক্লব বুদ্ধ-ন অহান্বমক তদ মঙাল্ ফংবগি নুংঙাইব অহুবু থ্বাই ময়াম্গ লোয়নন চয়োল ৭ (তরেং) চুপ্ন ক্ষোংদোক্পগি উত্সাপ্ তৌখি। লোয়ন লোয়নন অহুম্ব লৌসিং-গিয়ান্গি মঙাল্ অহুবু প্রিথিবী 'পুম্বদ সন্দোক্কে হায়ন পুক্নিং লেপখি।

ইহান্ হান্বমক্তদ মহাক্ন ধর্মচক্র হায়বদি অরেপপ লৈতন উঙ্ব চক্রগি মতৌশুম্ব তাইবংলীচত অচুম্ববু থ্বাই নীয়ান্দ ফোঙদোক্প হৌরগে হায়বগিদমক্ত বেনারস্-কি লেংসিনগর:—(১)* তরংখোনব গিয়ান্ লৌসিংন মাগি মকমদ ভুঙহন লৈব অহুগুম্ব মীসক্ মীওই অহুবু বুদ্ধ অথঙ্ব কৌই। সিদারথস্তু বুদ্ধ মথুংদ অমনি।

(২)* ভুমা-ভুমা চতুপী তাইবং মচতপূ মপা মপা পাংদিং লাকন থমব হৈববু সমাসমবুদ্ধ হায়বনি। সমনা-মপা লাক্প হৈববু যোগ কৌই। গীতান হায়রি।

মনাক্ত লৈব স'জথেল্ (হিরন-পারক) হায়ন খণ্ডনব মফম্, অদু তান্ন চত্খিরম্মি। মফম্ অদুদ মঙ্কক্কি পক্লবান মঙা (৫) খক্ত মাগি ইহান্ হান্বে পাওতাক পীব হৌখি। মতৌ অদুম্ তৌদুন ত্ইবং লৌচত্ অচুম্বা হায়ন খংনব জগত্ অম সেম্গত্নব য়ুম্ফম্ থোন্বা হৌখিবনি। ইকুই কুইদন বুদ্ধ মসামকক্ মান্নব মঙাল্ ফাউরব মাগি পক্লবান ৬০ (হুমফু) সুখি। মখোয়দ বুধন মথাগি রাসিং অসি হায়খি।

"হে লম্কোয়বসা! খঙ্ডম্দব কয়াক্লন খঙ্সিন্নবগি-দমক, মীওই কয়ামক্লমগি য়াইফনবগিদমক্, লেংলি-পালিব পুম্নমক্পু নুংসিব হায়ব রাখল্লোন অসিগ ঈরোয়নব, পুম্নমক্কি অফব ওইনব, পুম্নমককি কান্নব ওইনব, মী-লাই পুম্নমককি য়াইফ-মংগোল্ ওইনব চত্লু-কোয়য়ু কোয়ন কোয়চত্ চত্লু। অদুগ সন্দোক্উ য়াইফ-পাউজেল ময়াম্সে। সনদোক্লু তক্ তক্লব, মপুঙ ফাব হৈচেত্-হৈকায় নাইদব, অমোত্প মরিক্, পক্তব, সেংলব পুন্সি মথেল্ অম হে লম্-পোইবসা" রাকম্সি সৈরেং ওইন মথাগি অসুম্ন ইথোক্প য়াই।

(১০ "হৈ লম্কোয়বসা!
চত্লু কোয়য়ু পুম্নমকত
মতম্ন লৈব খিবিকত
খঙ্দব নসাগি খঙ্নব
ফংদব নসান ফংনব

মালেম্ মুংসি থাগেন্ন
খ্বাই খুদিঙ্ ম্বাইকব
ম্বাইফ খোনথাঙ্ য়েনব
খ্বাই খিবিক্ কাননব
কাননৈ ম্বারা খোক্নব
লাইস্থু মীস্থু পেন্নব
চত্লু কোয়য়ু লমপোইব।
ম্বাইফ পাওমেন মম্বাম্সে
খ্বাই ম্বাইফ পাওজেলসে
অথাক্ নৈত সনদোক্লু
তকু তরং অংহেন্ব
মপূম্ মরৈ ফাব
হৈংচত্ হৈকাই নাইদব
অমোত্প মরিক পক্তব
অসেংব পুন্সি অম
ইনো নোব পুন্সিম
উত্তলু চত্তলু কোয়য়ু
হে লমপোইবসা!
চত্তলু কোয়য়ু চত্তলু॥

মতৌ অসুম্, তৌহুন বুধন মীওইবগি য়াইফ-মংগোলগি-দমক্ত মথৌ পাঙ্থোক্প হৌখি। বুধ মসামক্ন খুংগং অমদগি খুংগং অমদ সোহোর অমদগি সোহোর অমদ কোয়চং

চত্তুনা মতৌ কমদৌনা ওলাওদবা, নুংসিবা অমদি অচুম্বা হায়বা রাখল্লোন্. অসিগি কুপ্ল কুপলবা রারোলসিংবু লায়না সন্দোকুপিরম্বগে হায়বা মরাম্, অদুগি ময়েক্ লারবা অসেংবা রারোল্সিং অদু লোইনা ইসিন্দুনা লৈ। বুধনা খ্বাই পুন্নমপু করিগুমবা খেন্নবা অমতত লৈতনা নুংসিবি। মহাকুনা মী খুদিংমকপু অসুক্কি মতিক্ নুংসিবী মহৃদি স্নুপ্নগি মীসক্, অমখক্তংগিফাউবা মহাক্না মাইল কয়া মখোংনা চত্লি। মরম্ অসিনা মহাক্পু মহাকরুনিকা–খোইদোক্ খোঙাল্লৈবা হায়নসু খঙৈ। বুধনা খ্বাই পুম্নমকপু নুংসিবীবগি খমখৈ অসিনি হায়বা লৈতে। অচত্–চত্ত তেংবান্ব'পুম্বরু নুংসিজবা মৈত্রি-ভাবনা হায়বসে বুধদেবগি মরুওইবা হীরম্-কাঙ্লোন্-সিংগি মনুংদ অমনি। বুধদেবনা মাগি ভারোকসিংগি মফমদ রা ভাঙবা মতম্দ তোয়না পন্বা রাফম্ অম—"মচাগি মথরাই কন্নবা হোত্নবদ মসামককি মথরাইবু কাওবা মমাগি মতৌগুম্না নুংসিবা অদুম্না খোরাই পান্বা শিবিকুত নুংসি খোঙালকৈবা তম্গনি। মসিগ মান্নবা অসেংবা নুংসিবা অম জগত্ত লৈত্রবনি।"

---

সেংসিনগদবঃ-- (১) গৌতম, বুধগি মমাঙদন্না বুধ কয়া লৈখ্রবনি হায়বসি মহাকনা তাকুপিরমমি। অদুনা বুধগি মচা হায়বসি গৌতম বুধকতগি মচামি হায়বা নত্তে। পুম্নমক্ খংবা-উবা অহৃগুম্বগি মচানি হায়বনি।

মমা মপা ওইবসিংন মচাবু নুংসিন্নদোৌন বুধন থবাই-পানব পুম্নমকপু নুংসিজবনি। মীগ মীগগি মরক্তা থেন্নব বুধগি থমোইদ লৈতবনি। মঙোন্দ পুম্নমক্ চপ্ মাননৈ। মহাক্ন হায়খি "গংগা, জমুনা, অকিরাবতি, সরভু অমস্থুং মহী কৌব চাওরা চাওরব তুরেল্সিং অসিন সমুদ্র মন্নুংদ চঙসিল্লক্পদ হাননগি মমিং মাঙখিহন অমত্তা ওইব অহুম্ম ত্রাম্হোন্, শত্রি, বৈস অমস্থুং শুদ্র পুম্নমক্কি মমিং অমস্থুং চাদ-নাওদা লাক্প পুম্নমক্ ঙাংখি। লোয়ন লোয়নন পুম্নমক্ বুধ হায়বতুগি মচা ওাক্তনি হায়ন খঙনৈ।

মতৌ অসুমন থৌজালগি মবুংঙো বুধদেবন পুমনমক্পু মচাদ মচাগুম্ নুংসিবি। থবাইপান্না পুম্নমক্ অচম্বা অমত্তা নত্তে। অঙাং মচা পিসকুতগিন হন্নুহনাফাউব, লায়র-চাকুনিব-দগিন নিংথৌরেলফাউব, ফত্তব থবক্, তৌবদগিন অফব থবক তৌবফাউব পুম্নমক্ মাগি থৌজাল্ ফংখিদব য়াউখিদবনি। ইবুংঙো মহাকন মখোয়বু অসেংব অচুম্বা পুন্সি লম্বীদ লম্ জিংবিখিবনি॥

ইবুংঙো মহাকন মী অসিবু হুম্দোক্ফম্দ চত্তুনা সা-কৈনা চাথ্রসন্নু হায়ন হুন্দোক্পিরম্লব মমা মপা মসক্ খঙব্রব অঙাং অগবুম্ থুন্গত্পিহুন্না থবাই কন্বিখি। মতুংদ অহুম্ব থৌসা-বিত্রব অঙাং অহুন মীওইব কয়াগি থবাই কন্বিব মীসক্ অম ওইরকতুন কুমার হায়ন মমিং লৈখি। অমত্তং ঙায়রব মচা লৈতবগি নৈচাকন ঙাউরবী কিসাগোতমি কৌবী অমনা ইবুংঙো মান থৌজানবিহুন তাইবং থবাই মচা পুম্নমক্ মাগি মচানি

হায়ন মসাদ ফাউব ঙম্হনবিহুন পুন্সিগি নুংঙাইব থাক্ অমদ চিংখত্পিখি। ইবুংঙো মহাক্ন অংগুলি-মালা কৌব মীহাত্পা ঙমংখিব অমবু থৌজান্বিহুন সাধু অম ওইব ঙম্বগি থাকৃত চিংখত্পিখি। মতৌ অস্তুম্ন অকিবতন থল্লব মতম্ অহুগি লম্দম্ অহুবু পুম্নমক্ন লৈবদ থোইদোক্ন নুংঙাইরব, ওলাংকম্ লৈত্রব মফম্ অম ইবুংঙো মাগি থৌজাল্ন ওইহন্বিখি। অসিদস্তু নত্তন স্থনিতা কৌবী সমাজদগি তানথোকলবী নুপী অমবু ইবুংঙো মান থৌজান্বিহুন মাগি (২)* সংঘদ মফম্ অম পীবিখি।

বুধদেবগি মফম্দ তাইবং থরাই পুম্নমক্ অসেংব 'সেক্রদ-পবিত্র) ঙাকৃতনি। অমাংব, সোক্ন সমনহৈদব হায়ব থরাই পান্ব অম ইবুংঙো মাগি মফম্দ স্থক্লৈ লৈতে। মরম অসিন ইবুংঙো মহাকন মীওইবথক্তবু নত্তন থরাইপান্ব পুম্নমকপু মাগি মপাল নাইত্রব থৌজালগি ঈথক-ঈপোম গী মন্নুংদ চিংসিন্বি। ইবুংঙো মহাককি পুন্সিদি জীববু নুংসিবিব, থৌজান্বিবগি থৌদোক্সিংতন পরেং লেংব লৈগি পরেং-গুমবনি।

শ্রেংসিনগদব ঃ— (২)* সংঘ হায়বসি চত্নবী নিয়োম থরগি মথাদ লিংব বুধ লমকোয়বসিংগি মরূপ অমনি। লম-কোইব হান্বগী মতুংইনন সংঘ অহুগি মথং মনাও থায়। অহুন সংঘদ মফম্, অম ফংলব হায়বসে নোংমদি সোয়দন বুধ লমবোইবসিংগি লুচিংব মকোক্ অম ওইরকপ সোয়ত্রবনি।

ইবুংঙো মহাকন চহি ৪৫ চুপ্না প্রিথিবী অসিগি সেবা তৌরবা মতুংদদি তাইবং-মীচত্ অচুম্বনু খঙ্লবা বুধদেব কৌবা ইবুংঙোসে, মনুন্ ফারবা কেন্গদবগি ঙাইরিবা উহৈগুম মসাগি চহি ৮০ সুরক্লহুন মহৌসাগি হৌনবী পাথাপ্ মতুংইনবা কেন গদবা ঙাইনবা মতাঙ্ য়ৌরে। ইবুংঙো মহাক্না পোকপগি মথো মায় পাক্না পাঙথোকলে। বুধদেবগি অরোইবা পুনসি থোঙচত্ অহুনু "মহাপরিনিববান" হাইবদি তাইবং মীয়াম্-লেন্গি ওইবা মহাপরিকোয় কৌবা ঙমথে অসিগি য়াংমদা লান্থোকলগ চতখিবনু খঙ্গনৈ। বুধদেবগি মহাপরিনিববান্ ওইরমদাই নোংম নিনিগি মতম অহু ইবুংঙোগি পুন্সিদ হাইদগি থবক্ চিন্বা মতাঙনি হায়বসি "মহাপরিনিববান স্নুত্ত" কৌবা লাইরিক্ অহু পারগ খঙবা ঙম্ই। য়াররোই, সোয়দনা চত্লগনি হায়বা খঙনা খঙ্না ইবুংঙো মহাকনা বুধলম্পোইবা ময়াম্গি মীতিন্-বু অরোইবগি ওইনা য়েংবা চত্লমমি। লোয়নবা ইবুংঙো মহাকনা তাক পি-তিক্পিখিবা য়াখললোনসিং অহুগি পাওতাক্-পাওয়েন কয়া পীবিখি। অরোইবদ কুসিনর কৌবা মফম্ অহুদ সাল পাম্বী ২ থক্কি মরক্ত লৈমাইথক্ত হিক্থহুন তাবদ মাগি পক্রাবা ময়াম্না ইকোয় কোয়সিন্হুন লৈবহু থাই ময়াম্না উনখি।

নসাগি থাংমৈ ওইযু নসান,
চঙ্জক্সনু নসাগি ওইযু নসাদ,
কান্নরোই থিঙ্গনু চঙ্জকম্ অতৈদ ॥

পায়খু চেত্না মরাদো অচুম্বা,
চঙ্জো হংজো মৈতালদ অচুম্বৈ,
থিরুনু কাননরোই চঙজফম্ মপানদ ॥
তাইবং অহোংব মচত্সে,
মসেল্ খুরৌ থাংনবনে,
(১)* হেত্না তনগনু তত্তন,
অরান খুভম ফংনব,
নসান নসাগি নসান ॥

মথক্কি ৱাহৈ খরসে ইঙাংঙো মহাকন অরেইবগী ওইন হায়দোক্পিরম্লগ মী-লাই পুন্নমক্পু তাক্পি তম্বিরমব বুধদেবন মহাপরিনিব্বান্ ফংখি ।

বুধদেবন মহাপরিনিব্বান ফংখিবসি চাওরাক্কন চহি ২৫০০ রোম্ হৌখরে। সাংলব মতম্ অসিগি ঈরোল্মুন্দ মীওইবগী ইতিহাসত্ত অনৌব লৈবাক্ কয়া সেমগত্খি অমসুং মাংখি অতুবু তাইবং লৈচত্ত অচুম্বগী লৈবাক্ অম (২)* তথাগতন সেম্গত্পিরম্বা অহিংদি য়াইফরেন্, য়াইবা মরাম্ ফাওন্ উসিফাউবদ ইনৌত নৌহন লৈরি অমসুং লৈহৌরগদবনি

রেংসিনগদব ঃ—(১)* হোত্নো হ য়বাসি কনিংনো কমদোন হে তনগনবনো হায়বসি মসাংগী ওইব খণ্ড নবী অম লৈখ্রে। সমুন হায়রবদ বিপাসনা তৌ হায়বদি হীরী কোল্লু তং-কনু তনগনু হায়ব য়াদি। অনুপাদ অখণ্ডব অমগা সমুনব কান্নগনি। ৱাহৈখক্তন ফাউনব ওম্মোই ॥

বুধদেৱন মহাপরিনিব্বান ফংখিব মতুং ইকুই কুইদন মাগি মমল্ য়াম্লব ৱাখল্লোন্ অমসুং য়াইফ পাওজেলসিং থাপল থাপ্লব মফম্ কয়াদ সন্দোক্লমমি। ভারত্কি মনুংথকুতদ মতৌ থাপলব মপান্নগি লমদম্ কয়াদসু নথং মথং সন্দোক্খিরমমি। ৱাখল্লোন্ অহুৱু সন্দোকপ অচৌ অচৌব কাংলুপ্, ফুরুপ্, কয়ান পাক্লব সমুদ্র লান্খিব কয়ানি, পাকলব লৈকাংলা কয়াদসু লান্থোক্তুনা চত্খিব কয়ানি। মহৈরোই মতৌ স্নুকলব মংলব চাওরব চিঙজাও কয়াসু লান্থোক্তুনা বুধদেবগি ৱাখল্লোন্ অমসুং য়াইফ-পাওজেল্ সন্দোকখ্রবনি। অহুমশুবা ইন্দুংডো মাগি ৱাখল্লোন্গী সন্দোকপা কাংডু (মিনন্) অহুন প্রিথিবীগি মীওইব কোতি কয়াগি লৈচত্ লমচত্ সেমগত্পদ পুক্নিং অমসুং থৱাই হায়বসিগি অসেংব অচম্ব মসক্ থংনব হোৎনজবদ, মাগি মাগি কাংলুপ ফুরুপকি লৈনাই খুননাই সেমগত্পদ অচৌব অহাংব কয়া পুরক্খিবনি। অহুন প্রিথিবীগি অস্নুক্ য়ামথ্রব মসা মসাগি তোঙান্ তোঙানব লৈচত্-সাজত, খুন্নাইগি

---

লেংসিন্নবদব :-- (২)* তথা-মতৌ অহুম্ন, অা লাকখিব (অহুম্ন গত চত্খিব হায়বনি। লাকপদ ওইখিব মতৌ মওং অহুম্ন চত্খিবদসু ওইখিব থংনবদ তথাগত হায়বদি গৌতম্ বুধবুনি। মরমদি পোকপসু লুম্বিনিগি লৈকোল লমহাংদ পোকপ সিবসু সাল পাম্বীশিংগি উমং লমহাংদ সিব মরমদগি গৌতম বুধবু তথাগত হায়মসু থংনৈ।

চতনবী অমসুং মরোল লৈজব জাতি (নসন্) কয়ামরুমবু মীওইব কোব ইমুং অমথকুতগি মনুংদ লৈখিনূনব মচিন্-মনাওগুম্ পুনহুন থম্ব ঙম্খিবনি। বুধদেবগি রাথল্লোন্ অমসুং রাইক-পাওজেলসিং অহুবু তাজব ফংজব মীওই খুদিংমকুন মসা মসাগি থমোইদ অসেংব অচুম্বগি মসেক্-মঙাল্ ফাউনরকুতুন হরাও-তয়াম্ন রাথললোল্ অহুদ হুক্-চিন্খিব ঙাক্তনি। মহুন মখোয় মখোয়গি মফম্দ মঙ্গাল পী, ওলাংদব পুনসি পী লোয়নন মপোক্ অসিমকতদ নুংঙাইয়াইবী মরাঙ্ কায়ব ফিভম্বু ফংহললি। মতৌ অসুম্ তৌহুন বুধদেবন থরাইপান্ববু নুংসিব্ হায়ব মাবু ঙম্বীনব অম লৈত্রব খুত্লাই অসিগি মতেংন তাইবং থমোই কয়াবু ইবুংঙো মাগি মায়কৈরোম্দ চিংসিন্বিহুন থমোই মসেল্ ফাউদোক্-ফাউজিন্ তৌনব য়াব অনৌব লাইরৈবাক্ অম (কল্চরেল্ এমপাইয়র) সেম্গত্পিখিবনি।

বুধদেবন চহি ৪৫ চুপ্ন মাগি রাথল্লোল সন্দোকপ অহুদ মথল্মথা য়াম্লব পাওতাক্-পাওমেন্ য়াম্ন পীখিরম্মি। অহুগুম্ব মমল্ য়াম্লব পাওতাকুসিং অহু "ত্রিপিতক" হায়ন খঙনব লাইরিক্ অহুদ ইসিন্হুন লৈ। অহে-অসিং কয়ানা হায়রৈ মহুদি বুধদেবগি পাওতাক্ রারী ময়াম্ অহুন বাইবলগুম্ব সরুক্ ১১ মুক্ চাওগনি। মগম্ অসিন বুধদেবগি পাওতাক্ রারী ময়াম্ অহু পারগ মরোল্ ওইব পাওতাক্সিং অহুতবু খুনগতনব হোতনব হায়বসি

থ্বাই মীয়ামগি ওইনদি ওইথোক্লোই। অদুবু পূম্নমক্ অদু স্নপন "থোইদোক্প অচুম্ব মরী" হায়না খঙ্নব ঙাক্কম্ অসিদ অয়াম্ব য়াউরে। মখোয়সিং অদু মখাগি ঙাখল্লোন, লাংদাই অসিদগি লোইন থোক্হন্ব য়াগনি।

(১) পূন্সিদ অরা-অনা লংঙি — অচুম্বনি।

(২) মসিগি মরম লৈ — অচুম্বনি।

(৩) অরা-অনা ময়াম্সি লৈহন্দব য়াই — অচুম্বনি।

(৪) লৈহন্দনব লম্বী লৈ — অচুম্বনি।

বুধদেবনা বরান্সি হায়বা মফম্ অদুদ অহান্বগি ওইনা তাক্পিখিবা মতম্ অদুদ মহাক্না অরা-অনা হায়বসি কররি কম্দোবনো হায়বা অদুদগি মশাগি অসি তেল্লপ্না লৌখতলি।

'হে লমকোয়বসা! পূন্সিদ অরা-অনা নংব অচুম্বনি হায়বদি অসিনি মদুদি (১) পোক্প হায়বসে অরাবনি (২) পোক্লব মতুংদ অসুম্ অস্থুম মন্থরক্প হায়বসিসু অরাবনি; (৩ সিব হায়বসিসু অরাবনি (৪) পামদবগ লৈমিন্নব অরাবনি (৫) পামদ্রবগ কায়নবসু অরাবনি। হায়রিবা মঙাসে পূন্সিদ সোয়দনা নপ্তুনা লৈবনি। সমন্না হায়রবদ নপ্সিন্ব মঙা (৫) অসিনুনি এন অরা অনা হায়রিবসে।"

তেল্লব রাখোঙ্ অসিদ অরা-অনা হায়বা অদুগি থিভম্ পূম্নমক্ স্নুন য়াউরে। থরাইপানব অসিব মচা পূম্নমক্, অচৌ-মচা, লায়রা-ইনাকখুনব পূম্নমক্, পোক্প, মন্থরক্প

অমস্তুং সিব হায়ব ফিভম্ অহুম্ অসিগি মনুং ফাউহুন চত্তব স্তুকয়া য়াদবনি।

অতোপ্প অমন এখোয় কনাস্তু পাম্দবগ লোয়নহুন লৈমিন্নব পাম্দবনি। পাম দব অহুগ লোয়নদনব এখোয় খুদিংমক্ হোত্নব ঙাক্তনি। অহবু অহুঙম্ব পাম্দবসিং অহুগ লোয়নদব য়াদব দসা তাদব নত্তে। কবিঙম্বদদি অহুঙম্ব পাম্দবসিং অহুগ পুন্সি চুপন লৈমিন্নদব য়াদব দসা কয়াস্তু ইতা তাদব নত্তে।

অহুগ অমুক্ অতোপ্প অমন, এখোয এখোয়ন পুংসিজব-পাম্মুজব মহাক্ অহুবু থাদোক্প পাম্দবনি। অহুবু মহাক্ অহুগ থাদোকুনদনব হেক্ লৈজবগী খে কনুন হোত্নজবগা উবদস্তু থাদোকুতুন চত্থিব কয়া এখোয়ন তঙতন থেংনরি। করি-ঙম্ব মহু থোক্ত্রবস্তু অসিব হায়ব অহুনাদ পুংসেব, চানুনব, পাম্গুব মসেল্বুস্তু কায়নহন্বনি। অহুন কায়ন লৈসা লাংব হায়বসে অরাবনি।

ইতোপ্ তোপ্প রাফম্ অমন অমুকুত থুংলিব অনিঙব-অপাম্ব অমস্তুং অরাংব আনা কয়া কয়া তৌনব ঙাকুতনি। হায়রিবসিং অহু থুংনদ্রব মতম্দ নিঙব কায়ব, সাওনিংবনচিংব মওং কয়াগি ফিভমদ লাকুপনি। অহুকুকি মতিকু কনন নিঙলুব, পাম্মুব অমস্তুং আসা তৌকুব অহুকুকি মতিকু নিঙব কায়ব অমস্তুং সাওনিংবগি সাথিব চাং হেন্গত্পনি। কবিঙম্বদ অসিঙম্বস্তু য়াউরি মহুদি মাগি নিঙব কায়ব

অতুগি সাক্ষুন মসাগি পুকুনিংনু পাংদিং মান্নন থবব ঙম্-লকুতবদগি অপাম্বগি ঙৌরককম্নি হায়ন লৌতুন য়াইবী থরাইনু হকুচাংদগি তেংঙান্নন থাইদোক্প থবক্ত চোংসিল্লি।

হায়রি হায়রিব ফিভম্ময়াম্সে চপ্থায়রব অতুগ অমমমত ওইনা কুপন য়েংব মতম্দ কয়াদ রাগ্রব, কয়াদ নাগ্রব চৈথেংনো হায়বতু, ইরায় লায়ন হেক্ত থঙ্ব ঙম্গদবনি। অতবু হায়রিব ময়াম্সে ঐখোয় খুদিংমক্ ঐখোয় ঐখোয়গি পুনসি ঈচেল্ মপুং অসিদ সোয়দন থেংনব তাবনি। মসিদি পূমনমক্ন থঙ্নবন রাকম্নি।

মসিনস্তু লোইব নত্তি। পূমনমক্সিগি মথক্ত বুধদেবন অমুক্তু অমুম্ন তাক্পিরমনি মতুদি "পুনসি হায়বসিগি ফিভম্ (দনা) পূম্নমক্ অরা-অনা ঙাক্তনি। ঐখোয়ন নুংঙাইরবনি হায়ন লৌরিব ফিভম্ অতুমু অরা-অনা হায়ব অতুগি মপুংচন্ন লৈবনি।" হায়দিব রাথন্লোন অসি হেন্ন মরিক্ চুম্নবগিদমকত বুধদেবগি "অরেপপ লৈতব অহোংব" হায়ব মথাগি পাওতাক্সিং অসি য়েংসিন্ব কান্নগনি।

অরেপপ লৈতব—হোং-হোংতুন চত্প অহোংব হায়বসে জাগকত্কি নিয়োম্নি। অসিগুম্ব জগত্কি নিয়োম্ অসিগি সাক্ষু-সাথেং চঙ্দব করিগুম্ব মপোক্ অমস্তুং ফিভম্ অমত্ত জগত্ অসিদ লৈতবনি। অতুন ইন্দ্রিসিংগি নুংঙাইবদস্তু হায়রিব অহোংব হায়ব নিয়োম্ অসিন সাক্ষু পীবনি। মখোয়সিং অসিদি রামন য়াঙ্ন অমস্তুং থুন হোংগন্ব মচত্নি।

কনাগুম্‌ব অমন ইনদ্রিগি নুংঙাইব অম পাঙ্‌থোক্‌পদ মাগি' নুংঙাইবহু খর সাংন কুইন ফাজিন্‌নব হোৎনবনি। অহুবু মিকুপ্ খুদিঙ্‌গি হোংব হায়ব জগৎকি নিয়োম্ অসিমদি কায়ব য়াদবনিনা মান ফাজিন্‌ব সাব অহুদগি হেক্‌ত নান্‌থোক্‌খিবনি। হেক্ সোক্‌ন সম্‌নবগ খুদক্‌ত হেক্‌ত চেন্‌খিবনি করিসু লৈহৌদবনি করিসু তুঙ্‌হৌদবনি। মরম অসিন ইন্‌দ্রিগি নুংঙাইববু তান্‌নব হায়বসে মমিবু ফাগে তান্‌নবঙ্ম্‌বনি। মরম্ অসিদগি বুধদেবন অসুম্‌ন তাক্‌-পিরমমি মহুদি—"অরেপপা নত্‌তব অহোংব পুম নমক অরা অনা ঙাক্‌তনি। ইন্‌দ্রিগি নুংঙাইব অহুফাউব অরা-অনান অরোইবনি।" হায়রিব ৱারোল্‌সিং অসিন পুন্‌সিগি ফিভম খুদিঙ্‌মক্ অরা-অনাগি মসক ঙাক্‌তনি হায়বসি মসান অগম প্রমান তৌজরবনি।

হন্‌দক্‌কি মপোক্ অসিন অরোইব নত্তে। মসিগি মতুংদ ঐখোয় পুম্‌নমক্ অমত্‌ত লৈরোইদবসু নত্তে হন্‌দককি মপোক্ অসিদি জীবগি জগৎ হায়ব সমুদ্র অহংগি মরিক-মফোল্ অম্‌গুম্‌বনি। মসিদি সংসার অসিগি মনুংদ ফাউজুন চত্‌পদ থেংনব নত্রগ পোক্‌প-সিবগি নোংইল মনুংদ থেংনব খোঙ্‌দাফম্ ওইরুব খুনাম্ মচেৎ অমপকুনি। মরম্ অসিন বুধদেবন অরা অনাগি ৱারোল্ তাকুপিব মতমদ ফোং-দোকুপিরম্‌লিবসি সংসারগি মচৎ অসিমুনি হায়ব মরেক্ লান তাক্‌ই। ৱাফম্ অসিগ মরী থাংনন বুধদেবন অসুম্‌ন তাক্‌পিখি।

“অরেপপ লৈতন হোংব অহোংব সংসার অসি মতম্‌ অসিদগি হৌখিবনি হায়ব লৈতবনি। পোকুলিব মপোক্‌ অসিন অহানব মপোক্‌নি হায়বসু য়াদবনি। খণ্ডদব মরমদগি অমদি অপামবন খুদম্‌ চন্‌খিবদগি মথংগি মপোক্‌ অমদ অমুক্‌ হন্‌না য়াম্‌না থুনা পোক্‌লুবব মসা মসান থাক্‌চব লাংনি। বুধদেবনা তাক পিখি, “করম্‌বন হেনগদগে য়েংঙু। খণ্ডদব, অপাম্‌ব ভাংব অসিখক্তন লাক্‌থুনা হন্‌না হন্‌না সিব হন্‌না হন্‌না পোক্‌প অসিগুম্‌ব মসীং লাক্‌ঙনদ্রব মপোক্‌, কয়াদ হৌক্‌না লোক্‌না কপ্‌খিবগি পিরাং কয়া অদুগ লোয়নন পাম্‌দবগ লৈমিন্নবসি অমসুং পাম্‌মুবগ কায়নবদ সিনথখিব পিরাং মখাম অদুগ পুন্‌লপ, পুন সিন্‌ব মতম্‌দ সমুদ্র মরিগি লৈরিব ঈশিংগ কনান য়াম্‌ব হেনগদগে খনহুন য়েংঙু।”

“করমব মতমদগি হৌখিবগে হায়ব লৈতবা ভোগাইদবা মতমগি সাংলব খোঙহুংদ কয়ারক্‌ হন্‌না মমা মপা, মচিন্‌-মনাও, মচা মসু অমসুং চান্‌নব-পাম্‌নুব কয়া লৈখিদবগি অরাব কয়া কয়া হন্‌না হন্‌না সংগ্রবনি। অদুগুম্‌ব অরাব কয়া কয়া অদদ সিনথখিব পিরাং ময়াম, অদু পুন্‌সিনবন লৈরিব সমুদ্রগি ঈশিংদগি হেল্লগদবনি।”

মসিমক্ষু করম্‌বন হেনগদগে য়েংঙু। মহুদি লোইনাইদ্রব মতমগি খম্‌নাইদ্রব খোঙহুংদ মপোকু কয়াদ কয়ারক্‌ হন্‌না ককুপ্রব চকুসম্‌দগি থোকুখিব ঈ-গ সমুদ্র মরিগি ঈ-সংগ

করম্বন য়াম্গদগে য়েংদ্রু।" "ইচুরান্ব অম নত্রগ ওকুতব অম ওইরুবগি মরম্না মীরা-মীপুন কয়ামসু মাপাক কয়া অমদ নংলুরবনি। অতুগুম্ব ময়াম্সি অতোপ থাওনা য়াংখিবগি, কোক্ কক্খিবগি অশিনচিংব কয়া অমগি ঙাই তত্তুনা চম্বদ মরিগি ঙাইসিংদগি হেনগৎনা যাম্না লাংগদবনি।"

"মাতৌ অসুমনা মাপাক্কী কয়াদ চৎরা হন্না কয়া নংলুরবনি, পুকনিং হক্চাং কয়া সাক্থকুরবনি, লাইরক্কী থৌব শিংথম্দ কয়ারক্ হন্না তাকুরবনি। মেথম কয়াদ কয়ারক হন্না থোক্লুরবনি তসেংনা হায়রবদ মাপাক হায়রবদো অমুক হন্না সুক্লোক্, লোকচরোই হায়রবসিসু মাপাক কয়াদ কয়ারক হন্না হায়খ্রবনি।"

"সমুদ্রগী ঈসিং পন্থনক্ শোংম কাংখিব ঈসি, হায়রবদো সুকল্লে লৈতরে অতোপ্পগী মতম্ তঙাই লাকপসু হাই। পাক-চাওবব পৃথিবী অসিসু লৈনা পুংচাক্ চাকথোক্ শিব অতোপ্পগী মতম অমসু লাকপদি হাই তত্তুনা হৌদনা অমসুং অশাম্লাংনা থুবনা মরম্ ওইতুনা হন্না হন্না পোকপ হন্না হন্না শিব, হন্না হন্না অং-অনা নাবা হায়বা চৎসিমদি লোইবা শক্না সুকনাই নাইরোইদবনি।"

মরম্ অসিনা সংসারগী হায়বা অসিগী মনুংদ হন্না হন্না পোকপ হন্না হন্না শিব হায়বা নোংলৈ অসিগী তৎনা-থানবা লৈতনা উংদিন্নবিবা অরা-অনা ময়াম্সিগী মরম করিনো হায়বা এখোয় খংদোকপা তাবনি। ব্রাহ্মণ অসি মথক ত

ফরে, অদুদি হৌদ্দিক মরম অদু করিনো ? মরম অদু অতে করিস্নু নত্তে, ইসা ইসাগি ওইব অপাম্ব (সকাম্-সেল্ফিস) হায়ব অসিনি। লনাইগি ওইব অপামব হায়বসে এ-এ হায়ব নাপল অসিদ য়ুম্ফম্ ওইবনি। মসিদি তোঙান্ তোঙান্ব সকুলোন্ কয়া পুবনি। সকুলোন্সিং অদু মসা মসাগি লনাইগি মওংদ ওইব য়াই, নত্রগ মাগি মাগি ইমুং মনুংগি সকওংদ ওইবস্নু য়াই, নত্রগ মাগি মাগি কাঙলুপ্-ফুরুপ্কি সকওংদ ওইবস্নু য়াই, নত্রগ মাগি মাগি খুনংনাই, মাগি মাগি জাতিগি সকওংদ ওইবস্নু য়াই। তোঙান্ তোঙান্ব সকুলোন্ মখল্-মথেল কয়ানি। হায়রিবসিং অসি চপখায়রগ চেক্সিন্ন কুপয়েং য়েংবদ "ইসাগি অপাম্ব" হায়ব অসিখক্তন অরা-অনা পুম্নমক কি মরুনি ভায়বসি ময়েক সেংন উব ঙমগনি। ইমুং মনুংগি করিস্নু লৈতবস্নু হাথোক্তাগ হৌরদুন প্রিথিবীগি লান্জাও কয়াগি মরম্স্নু হায়রিব অসিগি মনুংদ মসান অদুম্ য়াউজবনি। রাফম্ অনিগ মরী থম্দুন বুধদেবন অস্মুংন অমুক্স্নু তাক্পিরম্নি।

"অসেংবনি মসা মসাগি অপাম্বখক্তন মরম্ ওইদুন, মসা মসাগি অপাম্বতদ ফিভম তাদুন, মসা মসাগি অপাম্বতন য়ৈসিল্লক্তুন, মসা মসাগি অপাম্বতন থুম্হত্তুন নিংথোগ-নিংথোগ, নিংথোমচাগ-নিংথোমচাগ, পুরোহিতক-পুরোহিতক, প্রজাগ-প্রজাগ চায়নবনি, ফুগায়নবনি। মমাগ মচাগ খতনবস্নু, মচাগ মমাগ খতনবস্নু, মপাগ মচাগ খতনবস্নু, মচাগ মপাগ

খতনবসু, মচিন মনাও মসেল্ ফুনবসু, মচিন্-মৌপ্া মসেল্ খতনবসু, মরূপ-মপাং মসেল্ খতনবসু মসা মসাগি অপামবা খক্তনা থুগ্ইত্তুনা থোক্পা ঙাক্তনি। অসুম তৌহুনা ফুনবা, খতনা, চৈনবা অসিনা মথং মথং চৈ-লাং থাং তা পায়খত্নরকতুনা অমগ অমগ মসেল্ ফুৎনরকই, কক্খত্নরকই, হাত্তোকনরকই। মসিগি মইহুন সিবা নত্রগা সিবা য়ান, সোক্পা অসিনচিংবা অরা-অনা নংবনি।"

"মরম্ অসিনা ইসা ইসাগি ওইবা অপামবা হায়বা অসিতনা অরা অনা পূম নমক্কি মরূনি। অপামবনা থৌজিল্লবা এ-এ হায়রিবা অসিনা মখল মখা য়াম্লবা থৌনা মখল্ কয়া ফুদোক্রকই। অসিগুম্বা থৌনা অসিনা পী-পাগি পামসিন্-মিন নরক্নবা সকৃতি থোক্হল্লি। সকৃতি অসিনা পোক্পা সিবগি চক্ অসিবু লাইনাইবা নৈতনা উত্তুনা নৈহন্বনি। মরম অসিনা অপামবা হায়বসি অরা-অনা পোক্হনবগি মরমনি।" রাকম্ অসিনা মথক্ত হায়খ্রিবা 'অরা অনাগি মরম্ নৈবা অচুম্বনি" হায়বা অনীসুবা রাগম্ অদুগি তেন্তক্না মচা খায়বা রারোল্নি।

অহুমসুবদা "অরা অনা নৈহন্দবা অচুম্বনি" হায়বা অসিনি। মখক্কি নৈনবা অসিদগি এখোয়না তসেং তসেংবা খঙবা ঙমলে মহৃদি লনাইগি ওইবা অপামবা হায়বা অসিতনা অরা-অনা পূম্নমককি মরূনি অমসুং মরমনি। অহুওইরবদি অরা-অনাবু থোক্হনলিবা মরম, ( মরূ ! অহুবু নৈহনম্রবদি

হায়বদি লৌথোক্লবদি অৱা অনা কোৎব মহৈ অহুম্‌ লৈতব হায়ব অসিদি মসান অহুম তাঙ্গৱব ৱাফম্নি। সমন হায়ৱবদ অপামবা মাঙহল্লব, অহুওইরবদি অৱা অনাস্তু মসান অহুম্‌ মাঙজগ্রগনি। থবক্ অসিদি হৌরম অনীদ কাননবনি। মহুদি লনাইগি ওইব অপাম্ব থাদোক্প হায়বসিন অৱা-অনা কোক্প হায়ব অসিদি কাননরে, লোয়ন লোয়নন অৱান খুঙম *(নিরবান) ফংবগি, ফংনবগি মায়কৈ অদোম্দস্তু থোইদোকুন খুমাঙ চাউসিল্লবনি। ৱাফম্ অমরোমদ হায়ৱগ অৱান খুঙম্ ফংব হায়বসি অতৈ করিস্ নত্তে, সিবথক্তস্ নত্তে, অৱা-অনা পূম্নমক্তগি পূম কোক্ কোক্থোক্প, পূম্নান্ নান্থোক প অহুবু খঙনগনি।

মরিস্তুবদ "অৱা-অনা কোকুনব লম্বী লৈ—অহুম্বনি" হায়ব অসিনি। হায়রিব লম্বী অদুদি মখাদ পীরিব ৮ অসিনি। (১) মিংচেং চুম্ব (২) ৱাথল্ মৱাঙ্ চুম্ব (৩)

---

খেংসিন্নগদব ঃ—(১) * নিব্বান (সং) নির্বান (পালি) অরথদি নি-লৈত্তব, লৈহন্দব; বান স্কুন মংব পুকুনিংগি উমং মীওইবগি পুকনিংসে অপাম্ব কয়াগি স্তুকুলব মংলব উমংনি পূম থন্ থনবনি। মহুদি পূম নমক, পূম মাং মাঙ্হন্বদু নিরবান হায়বনে।

(২) * নিপান অসি পুকনিং কৌব পাম্বী অসিমথক্তদ চুক-চিনগদব পুকনিং মচত্৮ থক্পু থন্গত্তুনা হায়বনি মসিদু বেস-নবসিংন সখি ৮ হায়বন নিংসিংবদ মুংঙাইনব মুরতি ওইন লেপ্-হন্বনি। মপুংগি তত্তদি কায়দে ভাপপু খেননবগি ওলাঙবদি লৈ।

বাঙাং চুম্ব (৪) থবক মতৌ চুম্ব (৫) পুন্সি মরেল্ চুম্ব (৬) থৌনা ফুদোকৃফম্ চুম্ব (৭) পুক্নিং চঙ্ফম চুমব (৮) পুকনিং হুক্ফম্ চুম্ব হায়ব পুক্নিং মচত্ ৮ অসি লম্বীনি। হায়রিব লৌচত্-লম্চত্ ৮ অসিবু ময়ায়লববী হায়বদি থাই পুম্নমক্ন চত্প ঙম্ব লমবী ভায়নপ্র গঙনৈ। মরম্দি লমবী অসিদি চত্পদ ইসাবু ইসান সংসারগি নুংঙাইবদ পঙইনদ ইন্সিনজব হায়ব সাথিব লম্চত্ অহূদগিস্ম্. অহূগ ইসান ইসাবু অকন্ব রায়েন্-চৈরাক্কি মপুংদ ঙক্থি চপতুন থম্ব সাথিব লম্চত্ অহূদগিস্ম পুম কোম্ কোমথোক্লবনি।

হায়রিব ৮ অসিগি মপুংদ (৩) বাঙাং চুম্ব (৪) থবক্ মতৌ চুম্ব (৫ পুন্সি মরেল্ চুম্ব (৬) থৌনা ফুদোকফম চুমব হায়ব পুক্নিংগি মচত্ ৮ অসিন হৌনলমচত। সিল- (নোরেলিতি) য়োক্খত্নবনি। অহূগ '৬' থৌনা ফুদোকফম চুম্ব (৭) পুক্নিং চঙ্ফম চুম্ব (৮) পুক্নিং হুক্ফম্ চুম্ব হায়ব পুক্নিং মচত্ ৩ অসিন পুক্নিং পাংদিং লাক্প ঙ্নবনি। (সমাধি -বেলেন্সিং ওফ মাইন)। অহূগ অহান্বগি থাক অনি হাইবদি (১) মিতয়েং চুম্ব (২) বাখল্ মবাং চুমব অসিন অহূমব অসেংব লৌসিং-গিয়ান্ (পনন- রিজদম্) হেন্গত্নবনি। (ক) হৌন-লম্চত্ য়োকপ (খ) পুক্নিং পাংদিং লাক্প (গ) অসেংব গিয়ান তান্সিনব ৩ অসি মথক্ত হায়রিব লাইনিং-খুতথা ৮ অসিগি ফম্বৌন। মখোয়সিং অসে অমগ অমগ মসেল্ মরী থাংনবনি।

হৌন-লম্‌চত্‌ ( মোরেলিতি ) হায়বসি অচুমব পামব, অচুম্‌ব চত্‌প পাম্‌ব পুন্‌সিগি য়ুমফম্‌নি। হৌন-লম্‌চত্‌পু ঐরাইদ্রবদি, পুক্‌নিং মচত্‌শু ঐরাইব, হায়বদি উংব হীরী নুংসেং কোন্‌ব ( খিয়ান্‌-মেদিতেসন ) হায়ব থবক অদু তৌবস্তু য়ারোইদবনি। অদুগুম্‌ব পুক্‌নিং মচত্‌ ঐরাইদন লৌসিং লৌমাং থোইবস্তু য়ারোইদবনি। লীচত্‌-লমচত সেংব অমস্তুং লৃবগি থাক্‌ কাখত্‌লকপগ লোয়ন লোয়নন হীরী নুংসেং কোন্‌ব (মেদিতেসন ) মতম্‌দ খঙব ঙম্‌বগি অরাঙব থাক্‌ মথং মথং কাখত্‌লক্‌কনি। খঙব ঙম্‌বগি থ্বাইদগি ব্রাংব থাক্‌তু কারক্‌লব মতম্‌ অদুদ মনুংদগি ফাউরক্‌প গিয়ানগি রিজ্মন নত্রদ ইনতুইসন) মঙাল্‌ অদুন সরাসন্‌ন ঙাললকপ সোন দবনি। অদুগুম্‌ব মখোয় অদু বুধ ওইবগি থাক য়ামন নকন লৈরে হায়ব য়াই) অদুওইরবদি অদুগনব মহাক অদুন মপান্‌থোঙদ উব মান্‌ব সাব্‌ অসি নত্‌তব, পোত্‌সক্‌ অদুগি তসেং তসেংব মসাগি ওইফম থৌক্‌প মহৌসাগি ওইব অসেংব অচুমব কোন্‌সেং অত্তত্‌ ময়েক সেংন উব ঙমলক্‌কনি। অসিগুম্‌ব মঙাল অসিন মসা মনুংলোমদগি কাপ্‌থোরক্‌পগ লোয়ন লোয়নন পুনসিগি অরা-অনা পূম্‌নমক্‌ মতোম্‌ত মমি সামজরক্‌কনি। মতম অদুদ অরান্‌খুভম ফংব (নিরবান) হায়বসি করিনো, কম্‌দোবনো হায়বদু মসা মসানা ময়েক্‌ লান হক্‌থেংনজরক্‌প সোয়দবনি।

মরম্‌ অসিন অসেংব অচুম্‌ববু উব ঙম্‌ব মসা মনুংলোম্‌দগি

মতোম্ত ফুদোকচয়কপ মঙাল্ (এনলাইতন্মেন) অদু লৈনবগি-দমক্ত লোয়নবা অসেংব অরান খুভম ফংব হায়ব মসক্ অদু ওইনবগিদমকত মথক্ত থননখিব লাইনিং খুত্থা ৮ অসিদ ফমকম ওইব তাই। লাইসোন্-ডীন্সোন্ (থোয়সিপ, নিজব-হায়জব (প্রেয়র), মন ত্র-তন্ত্র-ন (মন্ত্র) অমদি লাই-কুম্মৈ (সং-কিরতন্) তৌবন হায়রিব ফিভম অসি ফংব ওইথোক্তব য়ানি।

অরোইবদ মথক্ত নৈনখিব "থোইদোকপ অচুম্ব মরি" অদুগি মতাংদ মীওই খরন অস্মন হায়রি। মদুদি বুধগি পাওতাকসিং অসিদি পুন্সিগি অরা অনাগি সরুক অচুখক্তদু ড়রগ তাক্প পাওতাক্নি, পুন্সিন থেংনখিব অরা-অনাগি সরুকসিং অদু লৌথোক প্রগ লেমহৌরিব সরুক্ অদোমগিদি চয়াউ য়াড়্দে হায়ব অসিনি। হায়রিবসি "পুনসিদ অরা-অনা নুংডি অচুমবনি" হায়ব অসিগথক্তং লৌখত্তুনা য়েংলবোইদি চুম্মে। বুধদেবনা মখা তারমদ্রব, মদুদ অদুন্ তোক্থোক্লম্ব অদু ওইরবদি অদুন মায়কৈরোমদত উবনি (পেসিমিস্তিক্ দোক্ত্রিন্—নি) হায়বসি অমুকসু হেনন চুমথ্রবনি। অদুবু বুধদেবনা মখাত্তান তাক্পিরম্খিবদি-অদুগুম্ব অরা অনাসিং করি মরম্দগি নংলিবনো হায়ব মরম্, অদুসু তাক্পিরম্মি। লোয়নন কমদোয়গ হায়রিব মরম্ অদু লৈহনদব য়াগদগে হায়ব লম্বীদু তাক্পিরম্বনিনা অরা-অনাগি মায়কৈদত উরগ পীব পাওতাক্নি হায়বসি

চুম্‌দ্রে। মরম্‌ অসিনা হৈচেত্‌-হৈকাই নাইদব, মপুংফাব মিত্‌য়েংদ য়েংবদদি ময়েক্‌ সেংনা উব ঙম্‌গনি মহৌদি বুধগি পাওতাক্‌সিং অসি মীওইবদ থাজব আসা (হোপ) পীব, হন্‌না হন্‌না হোত্‌নিনবা রাখল্‌ পোক্‌প পাওতাক্‌ পাওজেলনি।

মতাং অম্বাইদ এখোয়না পুক্‌নিংদ পুসিনব য়াবদি অরা অনাগি রাফম্‌ অসি প্রিথিবীদ লৈরিব ধর্মগি কাংলুপ ফুরুপ্‌ পুম নমক কি মরূওইব রাথোংফম ওইরিবনি। অতুগ রাঙডুরোল সানাব কাংবু-রাঙডু রাঙডুব রাখল খন্‌নুনা সানাব (খিলো সোফরসিং) মখোয়সিং অহৌগিস্থ রাথোংফম্‌নি। রাফম্‌ অসিমক হায়বদি অরা অনাগি রাফম্‌ অসিমক লৈরমদ্রবদি ধর্মগি কাংলুপ-ফুরুপ অমস্থং রাঙডুরোল সানাব কাংবু লৈবগি আরথ লৈরমদব য়াই। অরা অনাগি দোসা অসিবু কমদোরগ কোক্‌কদগে হায়্‌ব অসিদ মীওইবনা ধর্মগি ফুরুপ্‌ত চংসিন্‌বনি। রাঙডুরোল্‌ সানাবসিংগি মফম্‌দ হিপা-হিনাগুম্‌ চংজনবনি। অসি নত্তব অতে রাফম কয়ামকমস্থ লৈরিদি হায়ববু মখোয়সিং অতৌদি অরা-অনা হায়ব খাইদগি মরুওইব দোসা অসিগি মসাম্‌মেংশুম্‌ব ঙাক্‌তনি।

## বুধিজম্‌গি উতাই-লাংদাই দা

সাইনস হায়্‌ব মতৌ আসনা নোংমা নোংমগি অসুম্‌ অসুম্‌ চাউখত্‌প হেনগত্‌লক্‌পগ লোয়না লোযনা উতাই-লাংদাই চাদব রাফম কয়া তানিংলক্‌রব মতম্‌ অসিদ তমম্‌বদ যুম্‌ফম ওইদুনা থাজবগ সাগত্‌প ধর্মগি ফুরুপ্‌সিং, অমনা হায়রগ

পঙ্খাদ হেক্তে থাজবী, অঙক্প ওইখোকপ হৌনদব রারী-সীংবুন কয়া কয়া রাখল্ লৈব মীওইবসিংগি মফমদ হুক্চিন্ব য়াবক্ত্রবনি। সাইন্সকি গিয়ান্ অমস্তুং উত্তাই-লাংদাই চাব রাখল্লোল্ কয়াগি মঙাল্দ হায়রিবসিংসে ঙম্ন মমি সাম্লবনি। অমরোমদ লৌসিং গিয়ান্ হেন্গতলক্পা মতমগি খোঙলৈ মতুংইনন বুধিজম্ হায়বসে লম্বী চত্পা নুংঙাইনব থানব্ব থাংগৈগুমবনি। মসিদি তাক্পিরমব পাওতাক্ পাও-মেনসিং অসিনু উত্তাই লাংদাই চাবরনে হায়ন য়েংলগ খঙব ঙম্গনি।

বুধিজম হায়বসে কনাগুম্বা লাই অমন তাক্লম্বনি, মঙ্তাক্নি, লাইফাউনি হায়ব অহৃগুম্ব মাইবীগুম্বগি মরোল্নত্তে মসিদি মনামকন চাংয়েং তৌরন য়েংজরগ সোয়দ্রে খঙলব মতম্দ পুথে ক্তুন থম্বীরম্ব মীওইব জগত্কি অরা-অনা কোকনব লমবীনি। অসেংব অচুম্ববু উব ঙম্লব ওজা অম ওইন বুধদেবন থৌজান্বিহুন মাগি অখঙবস্থ থ্বাই মযাম্দ তাকুথোক্পিরমবত্তনি। অসুমন মান তাকপিব মতম্দ অমমমবদ থাজো হায়ন করিগুম্বদ হায়রমদে মঙাকন তাক্পিব পুমনমক্ নসা নসাগি রাখল্লোন্ মনুংদ পুসিললগ হুক্চিন্ব য়াবরা য়াদবরা হায়বহূ নসা নসান য়েংজো অমসুং খঙজো হায়ব অসিনি। মতাং অস্থাইদ রাক্ষম্ অসি হেনন মরিক্ চুমনবগিদমক্ত বুধদেবন মাগি খোঙ্লোই কালামা হায়ব অহূদ মথাগি অসুম্ন হায়খি।

"লাও কালামা। হায়ন চত্‌নরুম্‌ব চত্নবীনি হায়রুব হেকৃত য়াক্রুগনু। তোকুণ্ডাবু অচুম্‌ব ওইরমাললে হায়ন হেকত লোগনু। নসাব য়েক্সিনখোত্‌চিন্‌বসিংগ চানবে হায়রুন চুমলে হায়ন হেকৃত লোগনু। নংন ডাপন সাগত্‌লগ চুমমে হায়ন হেকৃত লোগনু। প্রমান্‌ নাইত্তে চাবে হায়রুনস্‌ চুমমে হায়ন হেক্‌ত লোগনু। মান কনন হায়জরুবনি অহুন চুমলম্‌লগনি হায়নস্থ হেকত লোগনু। মতিক্‌ মগুন লৈরব নুপা অমনা হায়রবনি অহুন সোয়দন অচুম্‌ব ওইরবনি হায়বস্থু হেক্‌ত লোক্রুগনু। ইকাইখুম্‌নবদ মতিক্‌চারব অমন হায়রবনি অহুন সোয়দন অচুমব ওইরবনি হায়নস্থ হেকৃত লোগনু।"

"কালামা, নংগি ওইব তসেংন নংন খঙজরুব মতম অহুদ মসিদি অণ্ডকপ থবক্‌ নত্তেনা, মসিদি মীচৈ চানবনিনা, মসিদি অনিংব অমন থাক্‌প লাংনিনা, মসিদি থবক ওইন পাঙথোক্‌পদ অমাঙ-অতা থোকলগনি অধাব তায়নি অস্থুমন্‌ন নসান তসেংন খঙজরুব মতম, অহুদ মহ'পুম্‌ব হেক্‌ত হুন্‌দোক্‌খো।"

"অহুগ কালামা, পুম্নমকসিং অসিদি হৌন-লম্‌চত্ত অফবনিনা, পুম্নমকসিং অসিদি মীগি মীনোক্‌ চঙফম লৈত্তেনা। মসিগি থবক অসি তৌবদদি অসিংবসিংন থাগত্‌নৈনা, মসিগি থবক্‌সিং অসি পাঙথোক্‌লবদি খাইগি মংলোন্‌ ওইগনিসে। সুংঙাইগনিসে হায়ব অসিনচিংব নসান নসাগি ওইব খঙজরুব অহুওইরবদি মহু সোয়দন তৌবব নংগি পুম সি ওইয়ু।"

হায়রিব ময়াম্ অসি ঙসি-ঙরাংগি খোন্থোক্-খোললাও অমত্তা নত্তবনি। য়ামুন কুইরব, ফিস্ খ্রিসত্ত পোক্কদব চহি ৬০০ লোম্ বাতলিংঙগি মতম অহুদ পোক্খিব অহুম্ব অসেংবা খঙব ঙম্খ্রব, মসা মনুংদগি মসান মঙাল্ পুথোক্চখ্রব বুধদেবন মাগি মতম অহুন তাক্পিখিব পাওতাক্-পাওমেন্ ঙাক্তনি। বুধদেবগি রাখল্লোন্ মতুংইনন জগত্কি ওইস মহৌসাগি আইন্ (কোস্মিক্লো) অম লৈ; মহুতদ জগত অগিন ওইরিবনি, মহুতন জগতকি স সোন হায়বদু ওইরিবনি। হায়রিব মহৌসাগি পথাপ-আইন হায়রিবসি হৈত্তে করিস্ নত্তে মরমগ মরীগ লৈনব মরী অহুনি। লৈনরিব মরী অসিতন মীওইবগি হৌনলম্চতপুস্ (মোরেলিতি) চলাইরিবনি। রাঙাং অমরোম্ন থোদোক খুদিংমককি মরম্ লৈব সোয়দবনি। মরম্ অহুগি মহৈন থোদোক অহু ওইবনি। জগত্ত থোকলিব থোদোক পুম্নমক মরম্ অহুগ মরী থাংনব ঙাক্তনি। মসিবু মরমগ মহৈগ মরী লৈনব আইন্ (লো অফ কোজেসন্) হায়রগ খঙনবতনি। আইনগি মমিং অসি-দি মীওইবন মাগি মাগি মরোলদ থোন্জিন্জবনি। তৌইগুমবসুং আইন্ অহুগি মনুংগি রারোলসিং অহুদি কনাগুম্ব অমত্তন সেম্খিব নত্তে, মসান অহুম পোপ পোপ তাজব রাখল্লোন্ ঙাক্তনি। হায়রিব মহৌসাগি নিয়োম্-পথাপ অসিগি মনুংদ মীওইবন মান মান তৌজবগি মহৈন মসান রাজব তাবনি, মসান লুংঙাইজব তাবনি কনাগুম্ব অমগি থৌজাল্সু নত্তবনি,

সাপস্থু নত্‌তবনি—মসা মসান তৌজরুবগি মহৈনি। মসিবু হায়জব, নিজব (প্রেয়র-প্রারথনা) তৌরগ নত্রগ ইরাত্‌-চবান, পূজা (রোরসিপ) তৌরগ ওইব য়াব পোত নততে। নত্‌তবনি, স্নুকনত নত্‌তবনি। মরম অসিন হৌখ্রব অরান্‌ব লম্‌বীবু নোংহৌন চুম্‌থোক্‌পিব নত্রগ থৌজান্‌বিব হায়রবসি ওইব হৌনদ্রব রাফম্‌নি। (সোয়বদগি মৈন পোকুখ্রব, দাগ লৈখ্রবহৃবু থৌজান বিহুন মৈন স্‌কুপোকু পোকত্রিব হায়ব যিভম অহুদ হুংগতন সেমদোক্‌প হায়বসি ওইথোকপ য়াদ্রব রানি—অনাবহু ফগতনব হোতনবগ লোয়নন মতুংদ অমুক মৈন পোক্‌তনব হোতনব তাবনি। সোয়খিবগি অরা-অন। অহুন মতুংদ অ.ুক সোয়দনব হোত্‌ননিংবগি মরমনি। সোয়দনব হোতনরব দ সোয়রোই। মহুন মহৈনি।

মরম্‌গ মহৈগ অনীগি লৈনরিব মরী অসিন মীওইবগি হৌনলম্‌চতপু চলাইবনি হায়বসিগি আরথদি মীওইব হায়ব ঐখোয়সে ঐ-ঐন নিচ্‌জব পান্‌দম্‌ অহু য়োনবগিদমক ত ইসা ইসান থুত্‌সা ফুসাবনি (আরচিতেক্‌নি)। ইখুত ইখুতন পামজব চকুগি মওং সেমহুন সাজবনি। ইসান ইসাবু সেমগত-চবনি নত্রগ সীদোকচবনি। ইসা ইসাগি নোংরোক ইসা ইসান সেম্‌জবনি। ইসা ইসাগি লাইরৈবাক্‌ ইসা ইসান সেমজবনি। মরম অসিন ইসা ইসান তৌজবদ ওইরকপ মহৈ অহু ইসান ইসাবু থাংগত্‌চব নত্রগ থাদজব তাবনি।

মীওইব কনাসু পাপি ওইন পোক্‌লক্‌প নত্‌তবনি।

অহনবা মতম্ পুম্নমক্কি ওইনা লৈতবা য়াদবা নোংরোক্ হায়বা অমা লৈতবনি। মীওইবা হায়বসে তঙাই-ফদবা ফত্তবা হায়বা মসক্ অহূ ওইদবা য়াদে হায়বা সুকলৈ লৈত্তবনি। তৌবদদি ঐখোয়গি মরক্তা কনাগুম্বা খরা সিংঙি কনাগুম্বা খরা পঙঙি। পুম্সিং সিংবা নত্রগা পুম্পঙ, পঙবা হায়বা অহুমকুতি নত্তবনি। অহনবা হৌনা লমচত্ হায়বা চতনরোল অসি চাওখত্নবা য়োক্-খত্ফম্ খোক্পা ৱাফমনি

বুধদেব হায়বা ইবুংঙোসি সরগদগি সাইওন্ লাকপা (অবতার) লাইপাও সনদোক্পা মীসক্ মীওই অমা নত্তে। মহাক্সু ঐখোয়গুম্বা মীচম্নি। মসানা মপোক্ কয়ারক্তা কনন হোতনজবগি মহৈনা মহাক্না মপুম ওইবা (পুরন-পারফেকসন) হায়বা মওং অহুদা য়োঙবা ঙম্জখিবনি। অহুগুম্না মপুম্ওইবা হায়বদি অরান্-খুভমগি মঙাল ফংনবা মরু (বীজ-মীদ) অহুদি মীপুম্ খুদিংগি মনুংদা য়াউহনা অহুম্ লৈজবনি। মরম অসিনা হোত্পু হোত্নরবদি ঐখোয়স্সু হায়রিবা মঙাল্ অহু, মওং অহু ফংবা ঙম্বা ওইথোকতবা নত্তে।

পুন্সি হিরেল্সে মথোঙ্ মরম্ মফম্ খঙদবা, মায়কৈ কদোমদা হোনলিবনোসু খঙদবা মওংদা পঙহোন, হোন্হনা পঙচত্তা চত্পা য়ামনা চুম্দবনি। ইসানা ইসাগি হিনাও সাজগদবনি। উতাই-লাংদাই চাব (রিজন্) হায়বা ৱাখললোন্, অসিনা মায়কৈ কদোম্দা চত্কদগে তাক্পা জহাজগি কোম্-পাসকুম্বা পুনসি নৌরেল্ ওইহনা পুন্সি হিরেল্সে অনিঙবা

পনুথুংফম অহু তমন হিনাও সাগদবনি। মায়ওনবু চুমন হিনাও সারবদি চতকদব মায়কৈদি সোয়ররোই। অহুবু উতাই-লাংদাই চাব (রিজনিং) হায়ব রাখললোন অসিগিস ঙমখৈ অমদি লৈবনিনা মহুগি রাংম লাললমদাইগি মতাং অহু লাকুপদদি ঙসাইগি উতাই-লাংদাই চাব হায়ব রাখললোল অহুনকন করিগমব অমততগি খেননব সকৈল লৈতব মওং অমদ ওনখতলকুকনি (ত্রানসেন তৌরকুকনি)। হায়রিব মওং অহুমকতি উতাই-লাংদাই চাব হায়ব রাখললোন অহুগিস রাংমদনি। হায়রিব থাকু অসি য়োরব মতম অহুতদ হিতুংগা ললোনব মহাকু অহুন রাংমদ লৈরিব তোরবান অহুদ থুংব ঙমগদবনি।

বুধিজম হায়বসে মফম অমস্তুং মতমন সমবল খাজিনহুন থমব কোর অম নততে। মতম অমগি মীওই থরগিত ওইব লীচত-লমচতস নততে। ঙসিফাউব অসিদ বুধদেবগি মমল য়াম্রব পাওতাক-পাওমেনসিংসে চহি ২৫০০ রোমগি মমাঙদ ওইখিব মতৌ মওং অহুমন তগত তগত তেকলি, ফোং-ফোং সারি। চহি চা কয়া কৌগ্রে, অহু ওইরগস ইবুংঙো মাসি খোনথোক-খোললাও অহুদি ঙসিফাউবদ ঐখোয়ন তারি।

বুধিজম হায়বসে জগত অপুমবগি ওইফম থোকপ হৌন-লমচতনি। উতাই-লাংদাই চাব, প্রধান নাতৈ হুকপ হায়ব রাখললোন অসিদ য়ুমফম, ওইহুন সাগতপনি। মসিগি মনুংদ কাঙলুপ-ফুরুপকি ওইব রাহৈ-খোনথোক,

সক্তম মীতম্ অমসুং মচু-মমেন্গি রাকম মরিক অমততা য়াউদবনি। মরম অসিন ধরম থাজব প্রিথিবীগি মীওই পুম্নমক্কি থমোইদ ওসি অনৌব য়াওলগি সাম্বু অম পীরক্পনি। হৌজিক্কতি মীওইবন মসা মসাগি মংগোল্গি-দমক্ত, মসা মসাগি নুংঙাই-য়াইফব মরাইরক্, সেম্জনব-গিদমক্ত বুধদেবগি মহল্ য়াম্লব পাওতাক্-পাওয়েন্ তাব মতম্ অহ লাক্লবনি।



## —নুংঙাইবা পউজেল—

মথাগী সংস্থান্ অসিদা মতম, কুইনা ফবা-ঙমদ্রবা লাঙ্গনা কয়ামরুম, অমদি মীয়াম্না তিদাক্ লৈত্রি হায়নরিবা লাঙ্গনা এইডস, কেন্সর অমসুং পূক্নিংগী লায়না অঙাও অফৈ কয়া লাঙ্গয়েংদুনা ফহঞ্জরী। অমুক্তং লেংথোক্-পিরক্লগা অকুপ্পা বারোল, থংবীয়ু অমসুং কররোই থল্লম্বা লায়না কয়াবু কোক্পিয়ু।

Addresses all enquiries to :


Dr. DHANENDRAJIT SINGH
P.C.S.M.A.V.Y,M.D. (E/H) (R.M.P)
Founder Architact & Director
The Shining Rasayana Cure Home &
Cancer & Mental Hospital
Olnam Thingel, Singjamei, Imphel.